ওঁ

# মণিপুর মাইবা

( অহানবা শরুক )

১ম খণ্ড



মমল লুপা ১৫০ তনি ।

# "থংহঞ্জবা"

—[*]—

ওঝাশিং-লাই-গুরু পুম্নমক্কী মকমদা থুকমদৈ, লাইরিক অসি ঐনা পুথোকচবা অসিদা লাই-গুরু-ওঝাশিংনা অকাই অতোই চুমসনবিরবদি ওহ্নোক্লা হরাওজগনি। ঐদি করিস্থু থংজদে। মীতৈগী লাই-ভিনগী মরম তিনয়েং লাইয়েংনবা অসিম-চিংবা লৈরিবা অমস্থুং অতোপ অতোপ্পা কয়ামুক লৈরিবা অসি দেশবাসী ইচিন ইনাওশিংদা ঐনা থেংনজবা খরা থংহঞ্জনিংঙুনা পুথোকচবনি, অমস্থুং ওঝাশিংনা লাইরিক অসিগী মথং লাইরিক খণ্ড মযাম পুথোকপিরবদি ঐনা "মণিপুর মাইবা" কৌবা লাইরিক অসি পুথোকপগী মহৈ যাল্লে হায়না হরাওজগনি।

------

লাইরিক অসিদা ইরিবশিং অসি খাইনগী ঐখোইগী দৈবাক্কী ওঝা-গুরু লাইশিংনা তৌরব অমস্থু হৌজিক ফাওব। তৌরিবা লাইরিকশিংগী মনুংদগী লৌখৎলগা ইজবনি।

মন্ত্র হায়বা অসি গুরুগী অস্ত্রনি, ময়াথংনি অমস্থুং ঈশ্বরগী মশক অমনি হায়না নিংগদবনি। পূক্নিং শেংগনি, চিংনবা থমলোই, থাজনা খিনা লুনা পুক্নিং একান্তিক ওইনা গুরু ভক্তি তৌদুনা তৌগনি অমস্থুং হকচাং শেংনা ডম্বা মথৈ হোৎনগনি।

ধর্ম্ম কাইবা অমস্থুং অচার-বিচার লৈতবা অদুগা থাজদবা, থৌওইদবা গুরু-ভক্তি লৈতবা, অরেম্বনি নিংদুনা চিংনবা, অসিন-চিংবা মীগীদি করিস্থু ফল ওইদদুনা দোষদুম ওইগনি।

মন্ত্র হায়বসি মী-মী অহুগী মগুণ মহি ময়াই অহুগী মতুং ইন্না খেন্নবা লৈনি।

মতু কালগী মতুংইন্না খেন্নবা, মুমিৎ অকনবা শোনবগী খেন্নবা, কালবেলা-বারবেলা-অমৃত-মাহেন্দ্রনচিংবা মতমগী খেন্নবা অসিনচিংবা কয়া লৈ।

অঙ্গন্যাস, করন্যাস অমসুং মন্ত্র উত্থাপননচিংবা কয়াম্রু লৈ।

মন্ত্রবু থাজব্রবদি হরিনামনচিংবা অমদি ঈশ্বরবু থাজদবা খোকই।

মী-মী অহুগী গ্রহগী দশা খেন্নবা মতুং ইন্না অকনবা, অশোনবা নাইবা মওংদা থবকম্রু কংই।

---

# অনুমোদক বৈদ্য মণ্ডলি।

শ্রীকোন্জোম ইবোমচাসিংহ, উরিপোক। শ্রীপাওম্বম দয়াসিংহ, উরিপোক। শ্রীওইনাম চন্দ্রমণিসিংহ, উরিপোক। শ্রীচনম্বম বীরহরিসিংহ, উরিপোক। শ্রীখুমুকচম কাহ্নাইসিংহ, ইয়োইসেম্বা। শ্রীমংলেমসিংহ, ইযোইসেম্বা। শ্রীতোম্বাসিংহ, লমদেং খুনৌ। শ্রীচাওবীসিংহ পণ্ডিত, সনাকোন্নুং। শ্রীথাংজম গুলাপসিংহ কৌব্রুক। শ্রীকোন্থৌজম বাপুচান্দসিংহ, সনাকোন্নুং মাইবা লোইশং। শ্রীকোন্থৌজম তোম্বাসিংহ, মাকলং। শ্রীঅরাম্বম ভাগ্যসিংহ, মাকলং। শ্রীঅচোম নীলমাধবসিংহ, তেরাকৈথেল। শ্রীচিরোম কাহ্নাইসিংহ, তেরাকৈথেল। শ্রীইবোমচাসিংহ, য়ুরেম্বম। শ্রীকথেল

লাকপম তোলেনসিংহ, খাংমৈবন্দ। শ্রীঅরাম্বম কাহ্নাইসিংহ, সগোলবন্দ। শ্রীনিপামচাসিংহ, কাংজবমলৈকাই। শ্রীতোম্বাসিংহ, খুরাই। শ্রীইবোমচাসিংহ,লাংমৈদোং। শ্রীতোমচৌসিংহ, যাইখোং। শ্রীবিজয়সিং, এলাংবমলৈকাই। শ্রীইবোচৌসিংহ, তখেল্লম্বম লৈকাই। শ্রীসোনামণিংসিংহ, কাকৈথেল। শ্রীজয়মুসিংহ, মোংশাংগৈ। শ্রীনিমাইচান্দ শর্ম্মা, চঙাঙৈ। শ্রীশ্যামসিংহ, উচেকোল। শ্রীথম্বৌসনা রাজকুমার, ললাম্বুং। শ্রীথম্বালসনা রাজ কুমার, সগোলবন্দ। শ্রীকাহ্নাইসনা রাজকুমার, সগোলবন্দ। শ্রীসনাতোম্বি রাজকুমার, সগোলবন্দ। শ্রীমোহন, উচেকোল। শ্রীবাবুসিংহ, কোংমপান। শ্রীশরচ্চন্দ্রসিংহ. কাছার। শ্রীইবোমচাসিংহ, শিংজমৈ মখা। শ্রীচন্দ্রধনসিংহ, শিংজমৈ মখা। শ্রীচন্দ্রসিং লৈচোনবম, শিংজমৈ মখা। শ্রীসনাতোনসিংহ, উরিপোক। শ্রীকৃষ্ণমণি শর্ম্মা, ময়াই লম্বি। শ্রীসেরাম কাহ্নাই লাংথবান। শ্রীইবোতোম্বসিংহ, চঙাঙৈ। শ্রীকৈশাম গৌরচন্দ্র, উরিপোক। অহৈবম যুগে হৈনৌখোংনেম্বি। শ্রীমাইবম পাকাসিংহ, নাওরেমখোং। শ্রীহাজারিময়ুম বাপুশর্ম্মা খ্বাইরম্বন। শ্রীরাঃকুঃ সনাহক্ক সগোলবন্দ মেজরপুখ্রি। শ্রীনরহরিসনা উরিপোক খাইদেম লৈরাই। শ্রী............অরাং পোৎশংবম।

লেংজবা :—

হুইদ্রোম নীলবীর সিংহ, জ্যোতিষাচার্য্য
উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাই।
(ইম্ফাল) মণিপুর।

## হিরম লামাই

— (০) —

---

# গুরু ধ্যান

-:॰:-

শিরসি সহস্রদল কমলাবস্থিতং শ্বেতবর্ণং দ্বিভুজং বরাভয়করং শ্বেতমাল্যানুলেপনং স্ব প্রকাশরূপং স্ববামস্থিত সুরক্তশক্ত্যা স্ব প্রকাশ স্বরূপযা সহিতং গুরুম্।

## প্রণাম

অখণ্ড মণ্ডলাকারং ব্যাপ্তং যেন চরাচরম্। তৎপদং দর্শিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।

------

মাইবা মথল অহুম থোক্পা থাই মাদুদি ঃ

(ক) খুৎনা শাবা মাইবগী মমিংদি নোংখাইবা কৌই থাংজিংনি।

(খ) মন্ত্রনা শাবা মাইবগী মমিংদি নপলরেম্বা কৌই রাংব্রেন্নি।

(গ) হিদাক্পা শাবা মাইবগী মমিংদি নপক কৌই মার্জিংনি।

হায়রিবা দেবতাশিংগী শক্তিনি॥

------

# চীংখৈরোল

চিংখৈ নহা লাইরোংবা, লাংলেল কোওয়াং কৈগুম্বা, য়োৎকুম থোবা শেলগুম কনবা নহাদে এ এ এ।

(য়েলনা খোংবদৌনা) তৌ।

মসিদি চিংখৈ হুনবা কান্দা রাহৈ অসি হায়দুনা মপান্দা কিরোল থমদুনা খোংথুৎ কারণ হায়দোকতুনা চোংউ লোইরগা মথং-মথাগী রাহৈ অসি হায়দুনা খুবমউ। মাদুদি ঃ—

"চিংখৈ গুরু হে ইবুংঙো নহাক্না ননাই ঐগী তিলথুং-লাইথুং পুম্নমক কোকহনবিয়্। পুন্সিরোন পিনবিয়্।"

নাবা হৌনদে পুন্সি শাংই হকচাং য়াম্না কৈ ॥

শ্রীতোলেন সিংহ।

## শ্রীচৈতন্য প্রভু স্বাহা

করিগুম্বা তুম্বদা মঙদা বার্ত্তোন তৌরমলবদি মন্ত্র অসি শোল্লবদি কোকই।

---

## লাইনা মী ফাবা অমদি পুথিবা।

ওঁ চুংসো বক্ষরক্ষ ( মিং ) রক্ষরক্ষ চুংসো ওঁ

মন্ত্রসি শোন্দুনা লাইনা ফাখিবা অমদি পুখিবা অদুগী মমিং হায়দুনা মূর্ত্তি ভাবনা ( মিং ) গী মকমদা থমদুনা শোল্ল থাদোকনি।

নত্রগা

লানশোম্বীগী মুমাংদা মোনুনা রারে পোথাবা মুরা থ্বাংচেৎ মোনখাংনা লমথাং ফীকক থুমদুনা হনলকও ( মিং ) হায়দুনা কৌ থাদোকনি।

শ্রীনিত্যাই সিংহ।

## লাইয়ৈ

লাইয়ৈ তৌরবদি অঙাং মখোই তকলগা পিথকউ মশাদস্থ তৈয়্। নত্রগা—পুলৈগী লেনফু তকতুনা পিথকউ মশাদস্থ তৈয়্। নত্রগা লা থৈ মহিদা থুম হাপলগা তৈয় ফবনে।

## নুংশিৎ অপাইবা ( হিংচাবী )

### ক্লীঁ মি পুন্ হাই তরঙ

মন্ত্র অসি রামতুলসী মনাদা শোল্লগা মনম নমহনা ভিন য়োংলু অদুগা মনা অহু শুক-শুক নোইরগা মুংডাইতবা মকম-নচিংবা হকচাং মকম অয়াম্বদা তৈযু কৈ ॥

নত্রগা

ওঁ ক্লীঁ তেজসেরাং তারকব্রহ্ম স্বাহা ।

মন্ত্র অসি ঈশিংদা তুলসী মনা অমা থাদরগা তরেৎলক শোল্লগা থকও কৈ

— — —

## লাইযোকপা

স-র-হ মুক্তাবলী লাইশং মনুংদা হঞ্জিল্লো শুকনী য়াথংনি । মন্ত্র অসি অহানবদা মিৎ নামা নামাদা শোল্লু মথংদা থবাক্তা শোল্লু অদুদগী অমুক লরাইদা শোল্লু কৈ ।

নত্রগা

মৈ মথক্তা লাম্বোকউ কৈ ।

শ্রীনিংথৌজাও সিংহ ।

## ওঁ মুনিবেন

করিশুন্না মতম অমদা লাইমন্নাচিংবদগী পূক কংখৎতুনা ফুঞ্জিনলকতুনা অমদি থিন্দুনা শিগে তৌরবদি কোন অমদা ঈশিং থরা হাপউ অদুগা লাজোম হুই অম তম্মা ককও লাজোমহু পাইদুনা ইশিং অহুদা শোন—শোন্দুনা কোইনা নৈমু মরক মরকতা ন্যারিবা মী অদুগী মমিং হায়দুনা: লাজোমনা ঈশিং

ময়াইদা কক কক থীল্লু অমুকস্য শোনহনা নৈয় অমুকস্য মমিং হায়হনা থীল্লু হস্তিন হস্তিন খর তৌ অদুগা ঈশিং অহু খরনা পিথকউ খরনা তৈও ফগনি।

— — —

## মীংথৈরোন

ওঁ হাই চিঙপা হাই কাহিং। কৌক্ৰু মিংথৈনি।
ওঁ উই ফ্রঁ। চিঙ থংথ্রঁ। থাংজিং মিংথৈনি।
ওঁ হিং ক্রক ফাহিং ক্রক কংফা। রাংব্রেন মিংথৈনি।
ওঁ ক্লীঁ সংতে হিংতে। মারজিং মিংথৈনি।
হায়রিবা মিংথৈশিংনা লাই লাইহুগী থুরুমজনি লাই অমস্তং পোৎ চৈ কৎচগনি।

— — —

হুগী অকারদগী হরিনাম পোকএ, হরিনামগী অকারদগী কামগায়ত্রি পোকএ, কাম গায়ত্রিগী অকারদগী কৃষ্ণ পোকএ, কৃষ্ণগী অকারদগী চক্র পোকএ, চক্রগী মচিন্দগী মৈ পোকএ, তাইবংপানবগী ব্রহ্ম নং চাকও ব্রহ্ম নং তুমও ক্লীঁ চৈতন্য প্রভু স্বাহা।

মন্ত্রসি থবাক্তা শোল্লবদি শিরমদাইদা লাই শোনবা ওমগনি মিহুন হস্থরকনি।

— — —

## হ র স মৃত্যু কৌবী রীক্

মন্ত্রগী ৫ রক অয়ক স্নুংদাংদা শোল্ল মৃত্যুবু ডাকপি থুৎত থুৎলাইদগী কনবী।

## উরা হিংমপ্ফু।

মন্ত্রসি দশা ফংলকত্রবা কান্দা সুংদাং হিম্নদা ৩ রক শোল্লু দশা ফত্তবা ডাকপি।

## মি হি চি হিংনপ্।

যাত্রা বৌরমদাইদা (চথোকলমদাইদা) মন্ত্র অসি শোন্দুনা মি ডারবা অম্লব ৫ রক লৌদুনা য়োংসল্লু অদুগা চংলু সুমিং অদু ফত্তবগী দোষ কনবি।

ওঁ ভাও-ভাও-ভাও য়েকৃতিং চি চি চি রি রি কুমথরে শুকগী য়াথং নে।

### রাস্থবদা লৌরাইদা শোল্লু কৈ।

ক্লীঁ হরে শ্রীঁ শ্রীগৌরাঙ্গ কৃষ্ণায় স্বাহা ক্লীঁ হরে হরে হরে।

মন্ত্র অসি লৌরাইদা শোল্লু মমাইদসু শোল্লু য়ারবদি ঈশিংদসু তুলসী মনা থাদরগা শোল্লগা পিথকউ। পাথংপা থগংপা, জ্ঞান মাংথিবা স্বর কাইখিবনচিংবা পূম্নমক হম্বরকই।

শ্রীনিতাই সিংহ।

| | | |
|---|---|---|
| ৯ | ১ | ৪ |
| ২ | ৮ | ৫ |
| ৭ | ৩ | ২ |

যন্ত্র অসি ভুজপত্র মনাদা ইরগা কোড়িগী যন্ত্রদা হাপতুনা শিরবদি বুদ্ধি লৌশিং চাওথংলে।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ওঁ | এ্রীঁ | এ্রীঁ | এ্রীঁ |
| ধী | খীঁ | এঁভী | জ্ঞীঁ |
| ঝীঁ | বঁ | ভুঁ | ভূঁ |
| ক্লীঁ | দলীঁ | ক্ষলীঁ | হুঁ |

যন্ত্র অসি ভূজপত্র মনাদা ইরগা অঙাংগী মণ্ডক্কা শিবিয়ু অঙাং ময়া চিকপা কাম্নে।

-----

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫ | ৮ | ২২ | ৬৭ |
| ১২ | ২৭ | ৬ | ৩ |
| ৫৭ | ৫২ | ২৫ | ২৫ |
| ২২ | ৪৪ | ৪ | ৬৫ |

যন্ত্র অসি কোংভৌদা ইরগা শিরবদি খোম খোক্কবগী অরাবা ভাকপি।

------

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | ৩ | ৫ | ৮ |
| ৫ | ৫ | ৫ | ৫ |
| ৯ | ৬ | ৬ | ২১ |
| ৫ | ৪ | ৯ | ২৪ |

যন্ত্র অসি উতোংদা ইরগা লবুক্কা ফুমও কৌ কৈ।

------




যন্ত্র অসি ভূজপত্র মনাদা ইরগা শিন্নবদি মচা শিগনবা ভাকপি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | ৮ | ৩৩ | ৮ |
| ১৫ | ৩৭ | ৩ | ৬ |
| ৭ | ২ | ৩৯ | ৩২ |
| ৩৭ | ৩৪ | ৫ | ৬ |

যন্ত্র অসি শিরবদি ঈশিংদা শিগদবা ঙাকপি।

— — —

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | ৮ | ১৩ | ৪৮ |
| ৪৫ | ৪৬ | ৩ | ৬ |
| ৭ | ২ | ৪৯ | ৪১ |
| ৪৭ | ৪৪ | ৫ | ৪ |

যন্ত্র অসি স্নাদা ইরগা শিযু অবমৃত্যু কোকই।

— — —

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | ১২ | ৯ | ১৪ |
| ১১ | ১২ | ৩ | ৬ |
| ৭ | ২ | ১৫ | ৫ |
| ১৮ | ৬ | ২৫ | ৪ |

যন্ত্র অসি ভূর্জপত্র মনাদা ইরগা শিযু পুকচংপা ঙাকপিবনে।

— — —

লিন্ নঙ্ কনানো তাওরোইনাইনে
তাওরোইনাই নঙ্ কনানো ইবুধৌ পাখংবনে
ইবুঙৌ পাখংবা নঙ্ কনানো অনন্ত ভাগবাননে
অনন্ত ভগবান নঙ্ কনানো শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনি
চৈতন্য ভগবান নঙ কনানো
শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূনি
শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু নঙ কনানো
শ্রীমতি রাধিকাগী অংশনি।
শ্রীমতি রাধিকা নিভৃত নিকুঞ্জদা

তিনবিরেং ক্লীঁ শ্রীমতি রাধিকায়ৈ স্বাহা।

মন্ত্র অসিদি ইন্ত্রি খয়োম লাককনি মাচুদি তুলসী মনাদা শোল্লগা য়োংলূ। ওমন্ত্রগা ঈশিংদা পিথকউ। লাই-তিন ওকনবদগী মিচুননচিংবা ১ দি ব্রহ্ম শেপ্পানচিংবা অমসুং শিরমদাইগী অরাবা কাওবা শাস্তি ওই। শ্রীতোলেন সিংহ।

— — —

প্লেগ লাইনাদি—কোরি-মিশি-চৌহিমরু অহুম অসি মুংদা তকলগা অনাবগী মচিন খিওং খাকলগা খোমজিন খোমজিন তৈযু কংলা তৈরা তৌ ফে।

খ্বাংগোইবী নারবদি—তোমাল মহৈ নওনা ফুংতুনা তৈরগা ফে।

— — —

উংস্রোতৎ স্বাতৎ সা সা উৎ স্বাহা

মন্ তৌরবদি—মন্ত্র অসি ঈশিংদা ৭ রক শোল্লগা পিথকউ কগনি।

অশিথোং খিংবা—অরাংগী উখোং মমাংগী সুমদা "হোকক হোকক্ হোকক্" অসি হাযতুনা থাং মনমনা ও রক ফূরমউ।

শ্রীনিত্যাইনন্দ শক্তিরকুকী শক্তিরক্ শ্রীগৌরচন্দ্র শক্তিরকুকী শক্তিরক্ হ র স।

অঙাওবনা কম্না হেনগংলকপদা শোল্লু হন্থগনি।

— — —

ওঁ জ ত ত তৎলেন না না ওঁ জ ত ত।

মন্ত্র অসি ঈশিংদা শোল্লগা থকলবদি মহু পানবা খিবিকনা চিকপগী হূগী অরাববু ডাকপি।

## শিরমদাইগী মিহুন

চূবা অনিমক্তা হুল্লিবা মিহুনসি য়েৎনা শজিকনে, ওইনা থাবা কৌই। অসিনা নাকমদা মাংগনিএ। নাক্রম অনিমক্তা হুল্লিবা মিহুনদি য়েৎনা ওকপুরোই কৌই, ওইনা ভাওহুইরেন কৌই মাহুনা থর কন্না ফূৎ ফূৎ কাওগনি। পিগুম অনিগী মরক্তা মিহুন ফূৎ ফূৎ কাওগনি। মাসিনা মিহুনগী থোংলোননে।

থবাক্কী অকুৎপগী ময়াইদা মিহুন ফূৎ ফূৎ কাওগনি, থবাক অকুৎপগী মিহুন মমিং খুম্পোংম্নাই কৌই, শিগদৌবা মুমিৎ হুমনি লৈরিভৈদা কাওগনি।

ওইথংবা থোমথাগী মিহুনা মমুং চংশন্না হুনগনি মমিংদি বৈষ্ণব কৌই। মসিনা কাওরবা ওইথংবা চগোন্তা কাওগনি। থম্মোইদা খোইরি কৈথেন জিনগনি চেং খৈবগুম্ নিকনি। মমিংদি পদ্মমুখী কৌই।

খোইদৌগী মথক্তা পুংজা থায়। মাহুনা য়ৈরিবা মিহুন ময়োনদি ৮ লক লৈ। ৮ লক য়ৈরম্বা অহুদগী অমমম্ ভাথরকই। ( মিহুন অয়েপ্পা মশিং য়েংবনি )।

অহুনা ভাথরক্লবদা খোইদৌগী মথক্কী মিহুন অসিনা তরেৎ লক য়ৈরগা অনাবা অহু তরেৎনি লৈ। অমমম্ ভাশক্লবদি কত্তে। তক্লকলক য়ৈরগা তক্লকনি লৈ। খোইদৌদা হুন্নিবা

মিহুনগী মমিংদি গুরুসিদবা কৌই। মত্তারক হুল্লগা মত্তানি লৈ। মরিরক হুল্লগা মরিনি লৈ। অসি কাওবা কনবা গুম্মে। অহুম-লক হুল্লগা কনবা গুমজ্রে হুমনি লৈয়ে। থুক্ থুক্ হায়বা মরোল অদু চপ মান্নবা হুল্লবদি হুমনি য়ুথক মতুংদা শিয়ে। অহানবা থ.ক হায়বা অদুনা কন্না হুনবা মথং অদুনা শোম্ফাংনরবা মথং অদুমক্তু শোম্ফাংনরবদি মুমিৎ নিনিগী নুমিৎ রাখোং লোম্বদা থোকএ। অমনা কন্না হুল্লগা অমনা শোম্ফাংনরবদি গুসি থোকএ। চাক ঈশিং ওল্লে শোযররোই।

ওই থংবা কময়াগী হুল্লিবী মীহুন অদুগী মমিং তিনখোইবী কৌই। মাহুনা মাংলবদি লৈকম মুৎপা কৌই। নিপা ওইরগা মাগী বেল অদু মন্নুংদা চিংই। মসি থাগী লৈমরেল খোগুম্বস্তু কৌই। নুপী ওইরবদি লৈকম মুৎপা কৌই। খুজিন থাগী মিহুন অনিনা মাংখ্রবদি অনাবা অদু থরা রারে। অদুনস্তু শিবা নত্তে মমিংদি সংসা কৌই।

খুজেংগী মিহুন অনিনা মুৎতুনা মন্নুং চংশিন্খ্রবদি থোংনুং তাবা কৌই অনাবা অদু য়াররোই, মমিংদি পিৎলমকা কৌএ।

খুজেংগী মিহুননা খুনিংদা থাংগনি, অদুদগী শেগ্রাক্তা থাং-গনি, অদুদগী য়ুম চংলগা যাত্রা ওইরে। য়েৎথংবগী খোইদৌ ময়াদি সূর্য্য কুণ্ড লৈরে নুমিৎ হায়বা মিহুন অদু থোক্লকনিয়ে, ওইথংবগী চেকয়াদা খোইদৌ ময়াদা চন্দ্রকুণ্ড লৈরে, থা হায়বা মিহুন অদু থোকললকনি। ওইথংবগী কময়াদা নোংহৌরকনি মুংশিৎনা থাগী হকচাংদগী হৌরকনি মসি বিজয় কৌবা মুংশিৎ অহুনি। মী অদুগী চনিংদগী হৌরকতুনা তুথুন চরম মনিম্মা

*শিংলক্কনি পুক অদু থাংথা লাওরক্কনি অদু য়ৌরবদি ঈশ্বর লেংখংলল্লে*
হায়রবা খংও অমত্নং স্বরনা হো হো লাওনা হোল্লবদি সদৌ হোনবা ( সদৌ খোংবা কৌই )। সদৌ হোনবদগী নাত্তোন অসিগ্ম স্থ-স্থ লাওনা য়াওরকলবদি স্বর তান অমা হাপললকলবনি। অদুগী মতুংদা খোঙ-থুং খদাং চিংনা হোল্লবদি ব্রহ্ম স্বরূপা কৌএ, অদুদগী যাত্রা ওইরে।

অমশু হায়রি—কময়া অনিগী নাকয়াদা হুল্লিবা মিছুন অদুদি মুমিৎ চয়োল ৭ কৌই, অমনা কম্ম অমনা পিকলবদি অনাবগ্ম নিংঙাই লৈরে হায়বা খংগনি। অদুগা হায়রিবা মিছুন অনি অসিনা য়াম্মা পিক্লবদি অনাবা অদু য়াম্মা কুইনা নাইরে। মিছুন অনি অসিনা হুল্লিবা মরোলদি হ র স ময়েক অছুমশিনা ছল্লে। স্বরনা হোনবস্ম ময়েক অছুম অসিনা হোল্লে।

অসিদগী নাম মরোল কায়রবদা অনাবা নিংঙাই লৈরে। অদু কাইরবদা নাম শোল্লগনি মন্ত্রদি—

খাখোং লাইখোং মরোংখোং অছুমমক্ত শিংলিবা
মুংশিত্তি হরি কৌবা মুংশিংনে। জরা কৌবা মুংশিংনে
অগ্নি কৌবা মুংশিংনে থরাই ৫মকপু নিদ্রারুনে
পুখংপদি পুখংফরোই একতিং স্না হোরে।
মন্ত্র অসি লৌরাইদা ৩রক শোল্লু মুংশিং পুথনবনে।
খোইদৌ কাওবা মিছুন কাইরবদা মমিৎ স্না কুম্মসেত।
মন্ত্র অসি ৭লক লরাইদা শোল্লু।

স্বরনা তথাং তথাংলবদা শোল্লু—হে থরাই মঙামক মিরেন তোংশা

অমুবা তোংলা য়ানথা হো হুক।

মন্ত্র অসি মঙারক শোল্লু থবাই হম্নবনে লৌরাইদগী খোইদৌ কাওবা শোল্লু।

হকচাংনা কৈজৈ চিংহুনা কাইরবদা শোনগদবা মন্ত্র হায়রগে ওঁ ব্রহ্ম কারিণী হরি কারিণী শোহং কোরিণী রে ৭ কুক্ ৭ মি ৭ রো ৭ মন্ত্র অসি লৌরাইদা শোল্লু থামনবনি।

শ্রীথানিলসিংহ

## থবাই মি কৌশিনবা

গুরুনা মমাংঙৈ তাইবং-পানবা শেমঙৈদা অহানবদা মপাদা শিঙৈ মপা পম্লৌ মপানা লোইদাম থাবুম ৩ পূরগা পলেম মমাদা শিঙৈ পলেম মমানা মুমিৎ শিংবুম ৩০০নি লোইদাম থাবুম ১০নি পূরবদা নোংমগী মুমিত্তা গুরুনা অঙাং নং নমাগী গর্ভ মমুংদা লৈবা_ য়াজ্রে তাইবং মালং পান থোকউ হায়রবদা অঙাংনা খুমলকই—গুরু তাইবংপান হায়বসি য়াম্না মুংঙাইনা পাল্লি হায়রে অশংবা মরম ১০০ অমুনবা মরম ১০০ মুমিৎ থা খোকতুনা মুংঙাইনা পাল্লি চাথয়ে অহুবু ননাই ঐদি গুরু থাদোক-তুনা তাইবংপান থোকপা ঙম্মোই; অঙাংনা য়াজ্রবদা গুরুনা য়াবা পিহুনা য়েংই। অঙাংনা য়াদে, গুরুগী য়েৎ থংবা কৈবোমদগী লোইনবা পুথোকতুনা অঙাং নখোই অনি অসি থোকমিন্নরো অমনা য়াবে য়ামিন্নৌ মুংঙাইরে মুংঙাইমিন্নৌ মিংনা কুপ্পা অমতা লংলা মকেল অমত্তা থাদোকনগনু নংগী নমিংদি মী মণিক মরা মণিক কোএ থোকউ হায়রবদা অঙাংনা য়াজ্রে। ময়াজ্রবদা গুরুনা মায়া তোরকলে, মমাগী খোইদৌ ময়াইদা

স্নাগী থম্বাল অমা শাংহনদি স্নাগী থম্বাল অহু মথোক থেক- তংলগা মমাগী থোংলেন তানা লংথরকই। স্নাগী থম্বাল পান্নবা অঙাংনা থম্বাল তান্নরকপদা তাইবংপান থোরক্লে, স্নাগী লিককতা তারে, অঙাংনা শুক কৌরকই লোইনবনা খুমই; অঙাং নংনা নমাগী গর্ভ মনুংদা লৈরিঙৈদা। শুরুনা নংগী নমিং লাংউরুবী কৌই হো লাংউরুবী নংবু লাওলাও অঙাং নংগা থোকমিন- নরকপা ক্লীঁ মহা মণিক (মিং) লাওলাও অঙাং নংনা স্নাগী লিকক মথক্তা লৈরিঙৈগী নমিংদি অঙ্গো নরা কৌই, অঙ্গো নরা নংবু লাওলাও পলেম নমানা কৌবনে খোমলাং অমৃত থকওলাও, ৬নি শুবা ইপাল নুমিত্তা লাংবুম হায়না কৌই হো লাংবুম লাওলাও, পঙ্খৌ মপানা মমানা (মিং) হায়না কৌই (মিং) নংবু লাওলাও তরা চাকখু চারোলাও হো খাবুং লাও লাও হো লাইবুং লাও লাও লৈমা লাইনাওতাবি নিংথৌ কাংবা মকমদা কাংউরো লাওলাও থমলাং ঙাংখোং তংতরি লিকলাং চোইনা তাদরি হরি কৈথেল কাদরি মি-মি থরাই মঙামক আত্মা মঙামক রে-রে-রে কুক্-কুক্-কুক্ র-র-র কোন-কোন কোন আত্মা (মিং) নংবু মিহিংতে নপ কানপ তেতে তেরে রো-রো-রো কোন-কোন-কোন শুকগী য়াথংনি।

অনাবগী খোইদোদা শোল্ল। থৌরাইমি লেংদনা লৈগনি, চংথোকথবনু লাকনি। থৌরাই মি চোইবনচিংবা পুন্নমক কানগনি কগনি।

শ্রীনীলমাধবসিংহ

## অওবাগী

তিন্ মমুংবা তিলেন তিন্সীদবা মুংস্ট

তিন্ হিক্ হিক্থরো ।

মন্ত্র অসিদি ঃ—ইশিংদা তুলসী মনা ৩ খাদরগা মন্ত্র অসি শোন্দুনা পিথকউ অওবা কগনি ।

— — — —

## ঈশিং থিংবগী

হঃ কোল্লগা কোল হঃ তিংঙগা তিং চক্র চক্র চক্র । মন্ত্র অসিদি—গঙ্গাজলদা তুলসী মঞ্জুরী ২ মনা ১ হাপলগা শোন্দুনা পিথকউ ঈশিং থিংবা চৎপনে ।

— — —

## শোচোঙথোকনবা

ওঁ তৎত্র গুরু তত্র ওঁ সৎত্র গুরু সৎত্র ।

মন্ত্র অসিদি—সোযুবা মকমদা শোন্দুনা ২ স্বর চিংখৎলো অত্রুগা মচিন্দা অভোম য়েনসিন থোমউ চোংথোকপনে ।

— — —

খোনাওদা লৈবা হে গুরু নমিংদি ক্লীঁ যায় মশিক কোয়ে হাইথবিয় গুরুগী য়াথংনে ।

অনাবনা চাক্ চাদনা য়ায়া ওলাংলবদি মন্ত্র অসি শোন-বিয় কগনি ।

— — —

হে মহে হে ভাই নংনা লৈবা খিবিক্তা খংলিবনে নংনা খংবা খিবিক্তা ঐভোন্দা হায়বিয়ু। মী মী শ্না খোম্বা কৌই। অনাবনা মকম খংক্রবা পংথরবদা শোল্লু। মকম খংনি।

---

কু কুঁ কিং ওঁ ওঁ ওঁ হো হে।
অনাবনা মশা ইংথ্রবদা শোল্লু কৈ।

খোই থূপ রিন্ থূপ খোইরিন্ থূপ মিরিন্
থুপ হুইরিন থুপ থুপ থুপ থুপ গুকগী য়াথংনে।
চাক চখোম ৩ দা শোল্লগা পিজৌ থিবুম কাইবা কৈ।
নত্রগা—ডালচিনি ফুৎতুনা মহি থকলবম্ব কৈ।

## মিহুন চুমদবগী

হো আকথি মিলু লেংলেং লেংশিনবিয়ু
নকম কাদা কোল কোল চংশিল্লু।

মন্ত্রসিদি উদগী তাবা ইশিংদা তাবা মিহুন চুমদবদা চাক চাবা খাইবোক চনবদা খুত্তা শোল্লগা নাম্বগনি অদু ওইরবদি মিহুন চুমদবা কৈ।

য়াকমদা য়াংদা পকনা নারবদি কৌথল্লু মাহুদি—
"নুংকুপলেন তামাইরেং"
মন্ত্র অসি শোম্লুনা নাতোন্দা কামও কৈ।

---

কুমাইসং কুমাইকুপ কুমাইরেং কুমাইসোন উং মং মণিক। মন্ত্র অসিদি শোনজুহুনা হৌগৎ কাংথৎপা ভমদবদা শোল্লু কৈ।

## থগোকপগী

খৌনাও নং নরুম কোকত্রিবরা কোকথোকও শুকগী য়াথংনে। মন্ত্রসিদি খুদোল মঙাদা শোল্লগা চরমদা শোকও অচুগা স্বর হোন্দনা তিন ৩ রক যোৎখৌ থগোকপা কৈ।

নক্সগা

চুহিগা থুমগা চারবস্থ থগোকপা কৈ।

— — —

## চাকচাবা য়ানবা

পরৈনু নং লৈথোকও নাওকোননু নং কোনথোকও।

মন্ত্রসিদি চাক চহুম ৫ দা শোল্লগা চাও চাক চাবা য়াই।

## বাল বাল হোঁ।

মন্ত্র অসি শোল্লগা খোইদৌ য়োনা চিংসনলু নাগন য়েক-কনবা কৈ। ত্রিসন্ধ্যাদা তৌ।

## লোক থুবা।

গুরু সিদবগা নোংপোক সিদবগা লাইরেন সিদবগা অষ্টমমরক্কা কম্বোং ফুত্তা খোরি মরৈ তাবগুম তারিভৈগী নমিংদি তুম্বাল্লী হায়না কৌএ ঈগী মপুদি কালিকা লাইরেম্বনে

ওঁ কালিকায় স্বাহা মু খুবাক ই হায়থরো গুরুগী য়াথংনে। মন্ত্রসিদ্দি — মীতৈ থ্‌ুম্‌ নত্রগা মীতৈ য়াইঙংদা শোল্লগা চাও লোক খুবা লেপই। মীতৈ য়াইঙনা কবা হেল্লি।

## ঈ থকপগী

ওঁ কালি করি কালিকা-নমঃ স্বাহা।

লশিংদা শোল্লগা নাকোং অনিমক মেনসনল্লু ঈ থকই।

নত্রগা

রে-রে-রে-ঈ-কা থক্‌।

মন্ত্র অসি ঈ থোকপা জাগাদা শোল্লু অদুগা ঈশিংদা শোন্দুনা থকউ ঈ থকই।

— — —

ওঁ তলী খুপ্‌ তলী সাং কাং খেং চিঃ।

মন্ত্র অসিদি খোং লৈপাক তান্ত্রিবৈদা তৌ মাহুদি পেকক মহিদা থ্‌ুম মৈ ইকত্তুনা থাদরগা মন্ত্র অসি শোল্লু অদুগা থকউ ধাতুনা খোংহাম্বা কৈ।

ওঁ ব্রহ্মবৃক্ষ নরায়ণ রক্ত বিন্দু ক্লীঁ হুঁ।

মন্ত্র অসিদি ইশিংদা শোন্দুনা থকউ চাক লাম্বগী অরাবা কোকই।

খোইগী মথা খুন্দাল অনি মথাই লৈথবদা লৈরিবা লৈমরেন গুরু থম্বাল মনা ৮ শুবদা লৈরিক লাকা-মু্দা লৈরিবা নচুদি

ম্না অহিংনা মচুনে, নওংদি হল্ডোই তাংশা মওংনে নমিংদি অঙ্গ মাধা কৌই। মি-মি কুক্-কুক কোন্-কোন্ নভেকমদা তেরো নহনক্মদা হল্লো।

মন্ত্র অসিদি অনাবনা কম্না নারবদি খোইদোদা শোল্লু শিরোইদবদি হেক্তা হনগনি।

— — —

## কোক্চিকপগী

ওঁ সাহিং ঙাহিং হু ক্রোয়ো স্বাহা।

গুণমরিচ মক ৭ নে, উচানমচিনে, যাচন্দননে তকলগা মন্ত্র অসি ৭ রক শোল্লু অদুগা লশিংনা তেপ শারগা কোক চিকপা আগাদা তৈয়্।  শ্রীকাহ্নাই সিংহ।

নত্রগা

তকক কেকক গুরুগী য়াথংনি।

মুপী ওইরগা ঐগী খুৎওইদা নিপা ওইরগা ঐগী খুৎয়েত্তা নাল্লু মন্ত্র শোন শোল্দুনা নাল্লু খুৎ অদু অচিকপা কোকতুনিংউ অদুগা নাল্লিবা খুৎ অদু খোংলোমদা কন্থোকও।

## পুকথিনবগী

ফুমলেন সেৎ ফুমলেন হায় সায়াশেৎ সায়াহায়
তৌরেন সেৎ তৌরেন হায় সহং হংস।

পুকথিনবা আগাদা শোল্লু অদুগা ইশিংদস্থ শোল্দুনা পিথকউ পুকথিনবা কৈ।

নম্ত্রগা

ওঁ ব্রহ্ম দাও তুমও।

মন্ত্র অসিদি অখিনবা জাগাদা শোল্ল কৈ।

---

## অনাবা পোথানবা।

থম্মোইগী মনুংদা লৈবা হে গুরু নচূদি থরো অশংবা মচুনি। নপাম্বোম মরি পাল্লিবা নথুৎ থুবাং তরামকনা মালা জপ তৌরিবা রো-রো-রো হুম।

মন্ত্র অসি খুত্তা শোল্লগা থম্মোইদা নমউ অনাবা পোথাবনে।

---

## না যৈশিনবগী

নোংমাইজিংগী চিংমাইদা খুনিংথৌনা নম্বরু খুনিং থুমাং কাও-রবনে সিং হারিতু হোরো গুরু য়াথংনে।

ইশিংদা শোল্লগা খুনিংথৌদা শোল্লগা নাকোংদা নিকউ-না য়ৈশনবা কৈ।

## তিলহৌবগী

১ ওঁ ব্রহ্মা নং চাকও ওঁ ব্রহ্মা নং তুমও।

মন্ত্রসিদি শঙোমদা শোল্লগা পিথকউ তিলহৌবা কৈ।

## হকচাং থিংপানচিংবগী।

১ লুনা তেকলা তোংনা সম্ তোংদা

তেকলা লুনা সম্ লু তোং অনিমক্কী

নমিংদি শিংলি নাওতা তরেৎমকনে
শিংলি নাওতা তরেৎমকী নমিংদি
ঈরম তরেৎমকনে ঈরম তরেৎমকী
নমিংদি ফানপ্ ফানপ্ ফানপ্ নপ্ নপ্ নপ্ ফাচল্লো।

মন্ত্রসিদি কৈ তাবা, হুকচাং থীৎপা চাংবদা থুত্তা শোল্লগা নাল্লু।

— —

## অপোম্বগী

ওঁ ব্রহ্ম স্বর।

মন্ত্রসিদি অপোম্বগী জাত্তা খোইহিদা শোল্লগা মচিন থরা থাকনা তৈও অত্নগা উৎনিংথৌ চাইও কৈ। অত্নগা ইশিংদা শোল্লগা থবউ অপোম্বনা থন্নুং চংবা হৌনদে।

নত্রগা অমদি

অপোম্বনা মন্নুংদা নাই চাবদুনা য়ামনা চিকখোৎলবদি ইশিং এঙ্গাং শুরগা চফু চবোনগা থুমগা তোৎতুনা থোমও মচিন খিত্তং থাকও য়াম্না চিংই পোখাই।

ওঁ বিষ্ণু হবে হরে

নত্রগা

মহা বিষ্ণু হরে হরে।

মন্ত্র অসিদি ইশিংদা ১০৮রক শোন্দুনা পিথকউ অত্নু ওইরবদি অখিনবা অয়েকপা খোংহাম্বা ইশিং থাইদবনা চিংবা পুম্নমক কাম্লগনি।

## খোঞ্জেল তাবা

খৌনাও তেংখল মতোনদা লৈবী খোঞ্জেল য়াইবীরেল সিদবী নমিংদি লজ্জাপতী কৌএ রর-রর-রর কুক্-কুক্-কুক্। পানা মনা মতোল যাওদা, শোল্লগা থা তপ্ও পানা মনা মতোন্না খৌনাওরোম ওনশননা থিংজন্দুনা চাও খোঞ্জেল তাবা কৈ।

## ঈ হাথবগী

কুমলং অমুবা, ইবোই নারেং অতৎপা, লম্বীদা তাবা মৈতাল অহুম অসি লাইবক্তা নমও ঈ হাথবা কৈ।

নত্রগা

পুংকাই মহিনা খ্বাং অকোইবা তৈয়ু, ঈ অত্থু খুনিংথৌনা লৌরগা পিশুম্ অনিগী মরক্তা নমও ঈ চৎতে।

নত্রগা

লৈপাক কোন্দোন শুরগা তৈখৎলে কৈ।

অথিকমদা পোমলবদি লৈপাক কোন্দোন শুরগা চাখুমগী লৈপাক অয়িংবগা ইশিং হাপতুনা নৈবগা অপাম্বদা হন্না ২ তৈও অত্থুগা কুমলং কনেকী ফিবান থাংজিং তারগা মৈ থাত্নুনা অপোম্বদা মৈখু য়াইও হাজিনথি ১সুং টংই।

হে প্রাণেশ্বরী হে প্রাণেশ্বর প্রাণ স্বাহা।

গর্ভদা লৈরিবা অঙাংনা থজিন্দা কাখৎতুনা মমা শিগে

ভৌরবদি মন্ত্র অসি খুৎ ওইদা শোল্লগা অঙাং অত্থু পাইদ্রুনা ঙাকথৌ। অত্থুগা চেংফুদগী চেং মচং ৭ নোংপোক ওনবা লাম্তোন ১দা হাপলগা কাংখদা থাও মন্ত্রদি—লৈরক সাথোবা খোংবাল লাংখাকপা কৌবা হে গুরু নংনা চবান চানিংঙ্গুনা ননাইবু লাকনবা তৌবিরগন্নু হে গুরু। অসি শোন্দুনা থাও ফগনি।

হে অঙাংও গর্ভগী মনু্দা লৈরিবৈগী নমিংদি অঙ্গ কৌএ নমা নাবে ফহল্লু।

লুপীনা মীরোল্লীবৈদা য়েব্‌-থীন্দুনা নাববদি মন্ত্র অসি পুক্তা ৫রক্‌ শোল্লু পুং ১দা কৈ। ফত্ৰবদি হৌখিগে তৌরবদি থরা কন্না তোইনা শোল্লু।

ওঁ ক্লীঁ ক্লীঁ নসাবঃ উধ্বতে।

মন্ত্র অসি খোইরাইদা শোল্লু কাম্লগনি।

নত্রগা

লৈগী খোইজু তাঙ্গোইগা থাও অহিংবগা নৈরগা তৈয়ু।

ক্লীঁ হরি হরি স্বাহা।

মন্ত্রসি তুলসী অমুবা মঞ্জুরী অক্কম থাংজ নুমিৎতা হেকউ অহুগা ঈশিংদা থাদৌ অদুগা শোল্লগা থকউ অরুমদা কৈ।

নত্রগা

ওঁ মদৎ স্বাহা

মন্ত্রসি খুমদা শোল্লগা পিজো অন্নম লাইহৌদা কাম্লে।

কৌব্রুগী ছইগী মরাদি স্না য়াংবা তাওবা
ছইগী মমানী য়াতে লৈবী অনিগী মমিংদি
তিনসিরেন তিনমৈকক্ কৌএ।
মন্ত্রসিদি য়া নাবদা তোইনা শোনবিয়ু কগনি।

লিকলা নংগী সচিয়েল চোংমুহি কৌএ।
মন্ত্রসিদি লিকলাদা শোল্লগা তৈও মাই খুইদে।

নত্রগা

মাইশেং মিৎশেং মিৎশেং মাইশেং।
মন্ত্রসিমু লিকলাদা তৌ মাই খুইদে মিৎ কৈ।

তিঙনা লুপোকএ লূনা তোংপোকএ তোংনা উন পোকএ উম্না ভুপোকএ মসি লাংঙরিক ছাযা কৌএ মাগী সিদ্ধিদি হনুমান্নে।

খুলাইনা চাকলবদা শোল্ল ইংই।

— — —

হো গুরুজী গুরু হরজী পৎ পৎথরো
হিক হিকথরো গুরুগী য়াথংনি।

মসিদি ঃ—বোরোই মনা, হৈগ্রুমনা রামতুলসী মনা, স্না খোংনাং মনা, খোংনাংবোট মনা, পোৎলম মভা অসিগা লোইননা অয়ুক্তী তিংখোগী লিকলা লোরগা চক্ষুদা হাপতুনা মন্ত্রসি শোল্লগা কোক মিৎনচিংবা নানথবা অত্রুগা থরা থকপা তিনমন লাইমন পুম্নমক কোকট।

খোইদৌ য়াম্না শারবদি লকোইগা সন্দোম মপালগা তোংতুনা খোইদৌদা থোমও কৈ ।

শ্রীনীলমণি সিংহ ।

---

## ফিরাক পৈ তাবা

য়াককোক য়াককোক য়াক্রকোক সায়েম তারেম শাকৈ তাকৈ নহনকমদা হঞ্জনলো নতেকমদা তেসনলো গুকনা হায়বনি হঞ্জিনলো ।

মন্ত্রসিদ্দি ফিরাক তাবা পৈ তাবদা থুংতোলদা শোল্লগা ইনখংলু কৈ থর তোইনা তৌ ।

---

খুজুম পেয়েগী উতিনে, হৈবোপ মশিননে তিমতুনা তৈখংলু । পৈ তাবা ফগনি ।

---

নাকতোন অনি চিংনা নায়বদি সংব্রেমনা নোইরগা কংলা তৈরা কংলা তৈবা তৌরবদি কৈ ।

## খোমদাগী

খোম নংগী নমিংদি খুবোম কৌএ, ইরিকশিবীমা ; শিবগুম শিও, তোকপা নিংকোকনা তোকপগুম তোকও, লোথমা তৌবগুম লোমও গুফগী য়াথংনে ।

খোমদা তে রবদি—খোম য়েত্তা নারগা ঐগী ও ইগী খুবোমদা খুত্তা শোল্লগা শাবামথৈ তকও ওইদা ওইরগা ওইগী খুৎনা য়েংবী খুবামদা তকও কৈ শোকপা য়ারবদি শোল্লগা

নাহ্ন চিন্নম্ব শোন্ন কৈ। অমুক্তং মশক উনা তৌরবদি যুমদা তৌবা য়াই। শ্রীথানিল সিংহ।

খৌনাও নাবা ত্তিনম্নোংপা নারবদি কাবা চিনি উমন্থনা মহি য়োংশিনবা কৈ।

শ্রীরাম লক্ষ্মণায় স্বাহা।

মন্ত্র অসি খাংলিবা মোনন্থদা শোন্ন মঙাকনদে।

ওঁ মি মি মপু চিরাইবা মীয়ান থাং
লৈকংলাবা চিরাই কংস্থসরা
ওঁ ভুবৎ থাইবোক শেগাং থিয়ান সেৎ
হবিকং হরিকং স্থকং গুকগী য়াথংনে।

পেরুক মনা তরেৎতা শোল্লগা চারবদি রা ঙাংদবা কৈ ঙাংই।

মঙ য়াম্না সুংঙাইতবা মওংদা মঙলবদি তুম্বদগী হেক হোগংপদা তুলসী মখোংদা খুক খুদক কুন্দুনা তুলসীদা খুকম-ন্থনা হায়বু মান্থদি—

হে ইমা ইবেম্মা ঐনা মঙখিবা মঙ অন্থ লুখাংনা মাংহন-লবনি লুখমনা খমলবনি। ইমা ইবেম্মানা সাথি ওইবিয়ু হায়ন্থনা তুলসী খুরুমউ কোককনি।

— — —

## শলৈবান

খোইদৌদি শুকংনে শুকংদি লাইকনে লৈ খেং খেংথোকও মন্ত্র অসি থুনিংথৌদা শোল্লগা খুযা ২ দা তকও কৈ।

## অমুবা শলৈবান।

হাওয়োংবম নংগী নপূশিংগী খ্বাঙ্ অহল পা কৌএ, নপূ অতোলবগী মমিংদি খ্বাঙ তনৌবা কৌএ কুমথরো নাম্থরো সেংথরো সেংথরো।

মন্ত্রসিদি হৈক্রমান মনাদা শোল্লগা খুযাদা ২ দা, খুবাক ২ দা তকও কৈ।

## শলৈবান অঙাংবগী।

থোইদিং অমুবগী থাওদা মথকী মন্ত্রসি শোল্লগা লৈদা তৈও কৈ।

নত্রগা

লৈনাবদা খোইহিদা মথকী মন্ত্র শোল্লগা লৈদা শেংদোকউ কৈ।

নত্রগা

খোকউগী মকু, য়োংচাক মকু, হৈনিং মকু। অহুম অসি ফুৎলগা চিন তেংথোকউ কৈ।

হিদাক মৈখু থকপদা ওহুনা হাবহুনা শিগে তৌরবদি পুংকাই শুরগা মহিদা থ্‌ম মৈ ইকতুনা থাদবগা পিথকউ কৈ।

ঈ ওরবদি খোংক্রম মনা ৩ নত্রগা ৫ ওইরবস্থ শুরগা মহিদা থুম হাপলগা পিথকউ কৈ।

— — —

ঈতুম ওরবদি পুংফাই মরা শুরগা ঈশিংগা নোইদুনা মহি শুমলগা থুম হাপতুনা পিথকউ ঈশিং ওনখি।

## থাংজবা মৈহুম উতোংবানে ইংঙো স্বাহা

মন্ত্রসিদি সঙ্গোম অনৌবা, অফম্বা, ঘি অহুমমক্তা শোল্লগা তৈয়্ মৈনা পোকপা কৈ।

নত্রগা

শূনু ইকগী ঈশিংদা থোইদিং থাও হাপতুনা নোইরগা মলমদৌনা তৌরবা কান্দা শোল্লগা তৈয়্ মৈনা পোকপা কৈ।

## সাবোঁলাই ( শাইবোংলাই )

লৈশোৌবুংদা চৎতুনা শাইরোং মক ৭ তাও, মৈ ইকউ অহুগা য়াইঙং মহিদা থাদহুনা মহি অহু তৈয়্ কৈ।

## নুংপোপ

চেগাই মৈ ইকলগা রাইগা তিলহৌ মকগা হাপতুনা নেৎলু।

## সম্বিপোপ

য়েনশিন লৌরগা অনাবা অহুনা নেৎলু কৈ।

## শামি লাম্মি

শামু খোংগুনগী লৈপাক্তা সঙ্গোম মপানগা শামু লম্বেনগা তোৎতুনা তৈয়্ কৈ।

## ককলাই।

খোইক অঙৌবগা যুদি থাওগা তৈয় মন্ত্রদি—
লৈখোংগাই লৈতাই নোঁতাই মারিসা মারিসা।
অসি শোল্ল কৈ।

নত্রগা

অয়ুকী ঈশিং চৎপত্নুদা নেৎলু কৈ।

## পুকরেকপা

ভীমনা চারগা শোকুনিনা ফাইববু গুক মহাদেবগী বরনে তাইবংনা ১০ নি চারগা ফাইদববু গুরু মহাদেবগী বরনে। মসি শঙোমদা শোল্লগা খর পিজো পুকরেকপা কৈ।

## ঈতোন ফাইবা

একক সাকক

মসিদি পাংখোকলা মনা স্বর হোন্দনা তরেৎথক হেক্লগা লোনসনলু অত্নুগা ঈশিং খর শোক্লগা মন্ত্রসি ১২ রক শোল্ল লোইরগা মিৎ-মাই লরাই ১স্থং নাকোংনচিংবা খর হাপউ লোইরগা কোন ১দা হৈদোকউ পাংখোকলাদা ঈশিং পকত্রবদি থুনা কৈ।

নত্রগা

ইতোন ফাইবা থী অত্নুগী মথক্তা উরোক সুম্বল মহি ছুমলগা হৈথৌ কৈ ২।৩ লক তৌ।

———

## অঙাং পোকপা

ওঁ লৈচিনথী নাইপু খেৎ-খেৎথরো খৎ খৎথরো।
মসিদি চাবোক্কদৌরিবা মুপী অদুগী মকোক্তা ক্শিা তেমগী মচিন থকউ অদুগা তেমমনিং অদুদনা ঐনা পাইরগা তেম মনিং অদুদা শোন্দুনা কামউ অঙাং মুঙাইনা পোকনি।

---

নুংশানু নাশংথবো নুনাওমু নং হাযথরো।
চারাং হাইক কৎলাসৎ হাইক ব্লী হাযথরো গুকগী যাথংনে।
মন্ত্রসি লৌরাইদা শোল্লু নাওফম তাদবগী অরাবা কোকৃই।

নক্রগা

গুণমোরিচ মরু ৫।৬ তং কুপনা তকথাইরগা ঈশিং খরদা থাদরগা মৈদা লোল্লু অদুগা থকপা য়ারবা কান্দা খবদংহ্ থকউ নাওফম চিংনবগী কিফম লৈত্রে।

---

## পুকচগ্রিং

ও চাক চক্রেবি খুং খুংবি নইনফমদা ইনলো নাতেফমদা তেরো মন্ত্রসি পুকচগ্রিংনা পুংঙাইত্রবা কান্দা চনিংদা শোল্লু।

নক্রগা

## য়ি-তৎ

মন্ত্রসি খুবাক্তা শোল্লগা নালনু পুকচগ্রিং য়েকপা কোকই।

---

## শিংলি তাওবা

ওঁ খাখোংনে লাইখোংনে মরোংখোংনে খোং অহুমমক মখোইবু ওম্বদি তাওরোইনাইনা ওমই তাওরোইনাইনা থিরোং-বিগী মথক্তা নন্দুনা লৈ নমিং চিকনু কোঁই স্না লৈয়োনবি নং ওনসলনু স্নালৈচিংবী নং চিংসনলকও ধ্রুব ধ্রুব ধ্রুব ॥

মন্ত্রসি শিংলি তাওবদা পুক্তা শোললু মরম চুমখিগনি।

——

লুপা স্নানি কিনা য়োংংনি চিংগাংবা মপু মনাই রানে গুরুগী য়াথংনে।

মন্ত্রসিদি হকচাংদা শোল্লু লম অমদা চংলবসু হকচাং মযেং তাদে।

———

## সজীব মন্ত্র

ও ক্লী হে য়াঁ গুঁ য়াঁ মৎস স্বাহা।

মন্ত্রসি নরবা কানদা শোল্লগা য়োংসনলু অহুগা অনাবগী খোইদোদা শোললু খোরাই-মি চোইদে জীব লেংদে। ঈশিংদা তাবা মীদদি সা অহিংবা লোরগা মচিন অমনা ঈশিংদা থম্মু মচিন অমনা খোইদোদা খম্মু অহুগা খোদোদা শোল্লু ঈশিংদগী লং অহু খোইদা চিংশনলু কৈ। অহুগা নু দাং হিপপদা শোল্লগা য়োংসনলু হকচাং কৈ ক'ল্ল। হৈ-লৈ-ইঙ্গাং-নাপি উ, রানচিংবা পুম্নমক থাবদা শোল্লু থুনা কৈ পোংচাওই থুনা মহৈ চাই।

——

## মিৎ নাবা

হায় মিৎ নংগী নমিংদি খুমিৎ কৌএ খুমিৎনা নাদনা মিৎনা নাকদে গুরুগী য়াথংনে করো মন্ত্রদি ঃ—

ওঁ নুংত্রং ওঁ নুংত্রং ওঁ নুংত্রং।

মন্ত্রসিদি ওইগী খুবী মকদা শোল্লগা য়েংকী মিত্তা নাললু অদুগা য়েংকী খুবী মকদা শোল্লগা ওইগী মিত্তা নাললু মিৎ নাবা কৈ।

## মহিক

লাইরেন নংগী নমিংদি খোংথুম তাওয়ে কৌএ ইনমুং থরোবনা লাই হাঁৎলে পুমনা ত'ওনা কংঙে পুমনা তাওনা পৎ'ল উমশাইবনা মাইবা শাই কিং কিং কিং।

মন্ত্রসিদি মহিক্কীনি—লা অমদা হঙ্গাম থাও তৈও লাদা অদুনা মিত্তা কুপও লুখমদা শোললু মিত্তা মহিক লৈবা লাদা তাদুনা ফগনি।

---

মিত্তা মোয়োকনা শারবদি খোংগী খোংমিৎ (খুমিৎ) ঈশিং চামউ কৈ।

---

## অঙাং য়াং-চিংবা

তিঙ নংগী মপুংদা লৈবা তিঙ নংগী নমিংদি পরৈম্ব পরৈতেক কৌএ গুরুগী য়াথংনি লৈসনলু। খোইদোদা লৈম্ব হায়দুনা খোইদোদা নাললু। লোৱায়দা শূম্ব ইরুগা খোইদিং থাওগা নৈরগা হাপপু।

## রিতু বিন্দু রিতু।

মন্ত্রসিদি তুলসী মচুম থকপদা অমম্নং চাক চাবা লোইবগী ঈশিংদমু শোল্লগা থকউ হকচাং উন থুইদে কাম ময়েং তাদে।

## স্না মহি ঙাওবগী

ৎ স্বর স্না মমি হমনিকর মাণক স মণিক মহামণিক মণিক তরং খোম্বা নমিংদি ক্লীঁ স্বাহা কৌবদাই।

মন্ত্রসিদি সনা মহি ঙাওরবদা তুলসী মঞ্জুরি অহুমদা শোন্দুনা কৎলগা খুরমও কৈ।

অমদি

যাংচিংবদা শোল্লবমু কৈ।

অমদি

যুমদা কাপলবদা রাচেৎ মরিদা য়োৎত্রেংনা ইরগা য়ুমজি মরিদা থিনজনলু কৈ।

## মাইকৈ নিপালগী সজীব মন্ত্র

ৎ ক্লীঁ শ্রীঅঙ্গ হরে অনঙ্গ কৃষ্ণহরে তরঙ্গ শ্রীঅঙ্গ অনঙ্গ ক্লীঁ কৃষ্ণ ক্লীঁ হরে। মন্ত্রসিদি মাইকৈ নিপালগী সজীব মন্ত্রনে। মুতিগী তুম্বদা শোন্দুনা খোইদৌ মথা য়েৌনা পুথদুনা য়োৎথৌ নাগনলোই পুন্সি শাংই শিরমদাইদা কৃষ্ণ শোনবা ঙমই, হকচাং মুংঙাই অমম্নং অঙাওবগী জাত্তা খুত্তা শোল্লগা মনঙ্গন্দা তপ তপ থৈযু পোখাবনি। অথিনবদি খুত্তা শোল্লগা অথিনবা মকমদা তাপ তাপ থৈযু কৈ।

## ভুগতিগী।

১ ওঁ সাস। মন্ত্রসিদ্দি ঈশিংদা শোল্লগা পিথকও ভুগতিগী অরাবা ঙাকপি।

## যন্ত্র মথরাই হাপপা।

১ হ মণিক র মণিক স মণিক মী মণিক মহা মণিক মণিক মঙাগী গুকদি হ-রস-ক্লী শ্রী ত্রী ওঁ হরি কৌএ।

যন্ত্রদা শোল্ল্ যন্ত্র মথরাই হাপ্পনে।

## রাং রাধা

মন্ত্র অসি যন্ত্র মথুম থুমলগা শোল্ল্ যন্ত্র মথোং থিংবনে।

## মন্ত্র হৌদোকনবা।

ওঁ স্না মুক্তানা নণি পরেংবু পোকএ স্না থক্চানৈ মণি খাংচেৎনৈ কোনগোন যাহিপনৈ ইনুং ইলিংদা লৈমরেন কোঙোইনা নাওয়োকনৈ শানৌ যাহৌরো শো হৌরো শিং হিঙো গুকগী য়াথংনে।

মন্ত্রসিদ্দি অহানবদা তোগদৌরিবা মন্ত্র অহুবু মন্ত্রসি শোন্দুনা হাম্না তৌদোকপা কৈ।

নত্রগা

তোগদৌরিবা মন্ত্র অহুবু কদগী ম ফাওবা হাযহুনা তৌদোকপা কৈ। মসিস্থু মন্ত্র হৌদোকপনি।

— — —

ওঁ চেংশং-চেংশং শম্ নংগী নমিংদি শমলাবা হায়না কোএ ওঁ সর শাংও গুরুগী য়াথংনে।

মসিদি খোংনাংবোৎ মথক্তা তাবা মরা অহুগা চাহাও পুইতোন চেংগা কোগা মথোই পুন্নমক পুল্লুপ তিন্নচুনা শোন্ন অহুগা কি অপাবা অমনা যোমলগা অমুকস্থ শোন্ন অহুগা চেংহি চফুদা থাদো অন্নগা অমুকস্থ শোল্লু অহুগা চেংহ্ লু শম শাংগনি। মতম খর কুইনা তৌ।

ওঁ খমলাংবা যোৎপোকপা যোৎপু চাগম শাইবগুম শায়বা খুঙ তুম্বগুম তুম্মু লৈকংলেন নংকংও লৈশোবুং নংনা কংবগুম কংও গুরুগী য়াথংনি।

মসিদি ঘি মেৎপদা কোইচেন চেনবা জাত্তা মুমিৎ ৫।৬ নি শোন্ন কগনি।

ঘি ভাংগোইবীদি—চাক অশাবনা নমগনি অহুগা করবিরু অঙৌবা তকতুনা ঘি অনৌবগা তৈযু।

শরারেনগী তেন্নে খমলাংবগী তেন্নে স্নামহিগী তেন্নে হল্লো গুরুগী যাথংনি।

মসিদি যুংগা লাইকদগী লৈপাক খর লৌরগা যিনা তোৎতুনা খুবাক্ত। তাহুনা মন্ত্র অসি শোন্দুনা কামসনলু তিনখাক মতু তাই।

মন্ত্র যাওদনা হিকাক্তনা অনাবদা নাম্নুরম্নু মতৃ তাই।

ওকনা লৌনিল্লগা হুইনা যেনদোংঙে ইমা লৈমরেন নংগী দমকনে।

মথক্কী পোৎ অদুদা শোল্লগা অনাবদা নাল্ল চিকপা কৈ।

ওঁ কালাক কালা চান্দ্র হনুমান্ন ত্বাই বামের চূড়া বামের হাত খায় অপোম্বা নমা মকোক তরেৎ চিকনবা মকোক তরেৎ চিক লৈপুং খাংগা চিক্ চিক্ লৈপাক পাক্ পাক চিক্।

মন্ত্রসিদি অপোম্বদা শোল্লগা খুৎতম্ন শোল্লগা লৈপাক্তা পোপ পোপ ফুত্তনা শিন্নৌও চিকপা কৈ, পোম্বস্নু কৈ, অদুগা খর হৌরমল্লগম্নু কৈ।

খৌ পোম্বদি খরিগা পেবক মক্লিগা তিন্নদুনা তৈয়ু কৈ।

এমৌনবা।

লেংজুম অনি চুপল্লগা তিন যোৎসনবা অদুগা কৈ।

মোরোক শিংলাইদি শৌত্রে অনাম্বা মহি তৈয়ু কৈ।

লৈথোনবা

কাহু গুহুনা খোমউ মশিন্নু খর যোৎলু থুনা কৈ।

নওগা।

হৈনৌজোন মবা মুকথুবী অনিসি ফুৎতুনা য়াদা উম্মু কৈ।

ঈনা হকচাংদা খোংখুত্তা থায়া চিক খোৎলবদি সৈমকুগী উৎনে লৈখামগী উৎনে অনিমক উতি চুমহুনা তৈরগা কৈ।

য়োংলাই চুবদি সৌগ্রি অশিনবা থুম হাপতুনা ফুৎলগা ইরুজবিয়ু মন্ত্রদি—স্মৃগ্রিব সন্তা গ্রিপা হং হং। অসি শোল্লু। মহিদস্থু হান্না শোল্লু অহুগা ইকবা মতমদস্থু শোন শোন্দুনা কামউ।

নহারাইদি মাইরোংবি যুৎতুনা ইকরগা কৈ।

লৈখুনদি থাও অহিংবগা সমুদ্র কেনা তিন্নহুনা হাপউ কৈ।

ঙৌ চাবী খৌনাও চাবীদি—

খোকমকুনে, তাইরেন মকুনে বোরোইমকুনে হরি কোকথোং মকুনে অসি পুল্লপনা ফুৎতুনা উমও কৈ।

মিৎ ঙৌদোংদা শোল্লু মতম খব কুইনা মন্ত্রদি—জীব শক্তি ত্বতৎ তুম্মো।

নত্রগা

ঙৌমণিক ঙৌমণিক মিৎ মক্ত মিৎ ত্রেং স্না তনৌবা মিৎক্ষা মিৎক্ষা।

অসি ঙৌদোংদা শোল্লু মতম খর, কৈ।

নত্রগা রাস্তেংখোইবী লিন্নাইবা শুদুনা খোংবী অনিমক মতম শাংনা তস্তনা থোমউ কৈ।

ধাতুনা পোমলবদি কবো থ্‌মনে শন্নাও মচাগী মথিনে অনিসি তোৎলগা থোমউ কৈ।

---

শক্তিকতি হৈরি মন্ত্র তকতুনা তৈরগা কৈ।

নত্রগা

য়ুম মাংবগী চাকথুম শুমজিৎনা নাস্তো শিৎথো কৈ। হাওরৈ শূচিকপিদি-থাও অহিংবদা শোন্দুনা তৈবু।

মন্ত্রদি-য়ি তিং ঙা বি য়ি রি।

---

খুজিল লাইপূমদি খুজিল অদু খরা হুৎলগা মন্ত্র শোন্নু মন্ত্রদি-"হো চিং"

---

লাইথি লাইকম হিদাক মনা ফুৎতুনা চাম্মো অদুগা শামু-লম্বেল তৈহু মথক্তা য়েনশিন থোম্মো কৈ।

---

লাইরেন শক্তিকতি—হোংউককলা মানবিনে, নুংশিল অশং-বনে পানা মনানে শুরুনা থোমউ। ফত্রবদি হৈমাং অকুপ্পনে, নুংশিল অশংবনে, ঙাচিং অকংবা ৭নে, সগোল হৌরাক্ট মরু ৭নে, পানা মনানে কুপনা শুরুনা থোমউ কেনদুনা ফগনি।

নত্রগা—কুমফুগী মনিংদা পকপা মপাং অদু তৈরগা শম য়েৎসনলগা তেংনৌ মখোম তৈযু পুমহুনা কেল্লি।

---

ইমা লৈমযেন সিদবী লৈহনবা লৈহোৎপী লৈকীম্নবী খামত্রাকপী খোমনৌবী খোমলাং নাম্নবী ( মিং ) খোমলাং নান্তবীরকউ গুরুগী য়াথংনে। মসিদি ঈশিংদা শোনদুনা পিথকউ খাম থোকনবনি। অতৈ পোৎস্থ য়াই।

---

হে খামপা তকস্থ রানে লূপাকতা পূংচুম ফান রানে গুরুগী য়াথংনে ফনাচ র।

মন্ত্রসিদি — কণ্ঠবিরুদ্ধগী লোক ফাবানে। শোল্লু ফৈ।

---

খোংগী থুজিন খাদা লৈবা হে গুরু নমিংদি হ-র-স-স র-হ র-স-হ প্না কোনফ্যরন মীৎথুপী মীৎথুপ্পা সোপ্-সোপ্-সোপ্।

মন্ত্রসিদি খোংবিগী খোংলক্তা শোল্লু মুংশিৎ কুমথবকতুনা শিবা রৈথোকই।

---

উচুংলোইনে, হনুবৈনে, য়াইভংনে অহুম অসি গ্রহণ তৌরিতৈভদা লৌরগা যন্ত্র ওইনা শিবিবু হিংচাবী (নু শিৎ অপাইবা) চংবা ভমদে।

নত্রগা

শনথক মরা, হৈজাংমরা অনিসি যন্ত্র ওইনা শিরবস্থ ফৈ।

---

| | | |
|---|---|---|
| ৪ | ৫ | ২ |
| ৩ | ১ | ৭ |
| ৮ | ১ | ৫ |

যন্ত্র অসি ভুজপত্রদা ইরগা শিবিযু নুংশিৎ অপাইবা (হিং-চাবী) চংদে।

---

৭৮৬

| | | |
|---|---|---|
| | ৮ | |
| ৬০ | ৪ | ৪০ |
| | ২ | |

কীগনবা মীদা যন্ত্রসি ভুজপত্রদা ইরগা শিবিযু।

---

| | | |
|---|---|---|
| ২ | ২ | ৪ |
| ২ | ২ | ২ |
| ২ | ২ | ৪ |

যন্ত্র অসি শারৈ হৌবা মীদা ভুজপত্রদা ইরগা শিবিযু শা-রৈগী অরাবা ডাকপি।

---

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | ৮ | ৬০ | ৮ |
| ৫ | ৬ | ৩ | ৬ |
| ৭ | ২০ | ৯ | ২ |
| ৭ | ৪ | ৫ | ৪ |

মুপীনা মীরোল্লিউৈদা য়েক থিন্দুনা রারবদি যন্ত্র অসি ভূজপত্রদা ইরগা শিবিযু কৈ।

---

খোংখুৎ চিক-খোৎপদি ক্যামলৈ মকুগা মণযুংগা যুৎতুনা তৈরগা কৈ।

---

ঈনা শাগৎতুনা ডাওরবদি তেকথাও য়াইথুগা কাংখিলগা

তকতুনা মহি অদু লশিংনা লৃপতুনা লৌরাইদা থোমউ কৈ।

—— —

মন্তাকনহুনা শিবদি—তুলসী অমুবা মরানে অরাথবী মরানে তকতুনা শুগাইদুনা নাতোন শুমাংদা থোমউ হিংগনি।

অনাবনা লাইখাই তাত্রবদি "হিঃ নারি জেচেঃ স্বাহা"। মন্ত্র অসি তোইনা শোল্লু।

ওকহিদাক তকপগী মহিদা মরোই নাকুপ্পী হাপতুনা শম-জাবীদা তৈযু কৈ।

—— — —

ওঁ পোক নংনা হৌরকপদি কোক্কী থোপ মপুংদগী হৌরকপনি নকম থোপ মপুংদা হন্‌জিল্লো শুকগী যাথংনে।

মন্ত্র অসিদি চাকতোকপা লোইরগা খুৎ হাম্রগা অচোৎপা খুত্তা শোন্দুনা কোক্তা নানখৎলু পোক হৌবা কৈ। মতম কুইনা তৌ। চহি ১রোম।

নত্রগা

ওঁ কেশনং তুম্মো

চাক তোকপগী খুৎ হামদোকপা অচোৎপদা শোল্লগা পোক হৌবা শমদা নাল্ল পোক হৌরোই। লেপ্তনা মতম কুইনা তৌ। চহি ১ রোম।

ওঁ হংস ওঁ হংস ওঁ হংস ক্লীঁ হংস আয়না থিজাবনে।
মন্ত্র অসিদি থী স্নায়া কাইথয়কদি মপুক্কা অনিথনা শোয়ু কৈ।

---

ঈশিং নংগী নমিংদি ঈথাইলেন কোএ। নমিং অহুমদি তিল্লক ঐং-মং লেঙকো কোএ।

ঈশিং খাইজ্রবদা ঈশিংদা মন্ত্রসি শোম্মুনা পিথকউ কর্গনি।

নত্রগা

শ্রীঅঙ্গ তরঙ্গ রানিক রানিক নিক নিকথরো গুরুগী মাথংনে।

ঈশিংদা শোল্লগা পিথকউ ঈশিং খাই।

ইকাইথবী মনা থাওনম মনা মোইবুং মরৈ ওমক চন্দন ওইনা তকতুনা তৈয় যোনি থোকপা কৈ।

সুপীনা ইশিংখোংদা সুংশিং চংলবদি—সুবাঙ্গী মুনানে, খোইথীনে, থরোইবিজুপ মহিনে ও মক তিল্লগা তরেংগী রাম্নেল চৈনা সুপতুনা তৈথংলো কৈ।

---

মহাদেবনা পুরকএ লখ্মীনা খোংঙ্গ ব্রহ্মানা চাযে।

মাহৈ অসি খুতা শোল্লগা পুক্তা নাম্বো সুংশিংকাবা কৈ।

---

লাইকোই, অপাংপা, খুছিং, চেয়েনচিংবদি লাইয়েন চাক মহৈ অহুগা থ,মগা চুহিগা তোংতুনা তৈরগা কৈ।

---

নাতোনচাবীগীদি—

চেং কবোকনে, মেক্রুকনে, মনাহি মৈ ইকপনে তমক কুপনা তকতুনা লশিংদা তোৎতুনা মৈখু চংহল্লু নাতোনচাবী কৈ।

———

হ-গী মমিংদি মৈ কৌএ ব-গী মমিংদি ঈশিং কৌই স-গী মমিংদি নুংশিৎ কৌএ মৈ ঈশিং নুংশিৎ তমকী নমিংদি ইরিকশি কৌএ ক্লীঁ প্রীঁ শ্লীঁ হরে বিং ক্লীঁ স্বাহা।

মন্ত্র অসি ঈশিংদা শোন্দুনা থকউ মৈ ঈশিং নুংশিৎ মবম চূমই।

———

নুংপান ওল্লবদি লফুলমাং মহিদা থুম হাপতুনা তৈয়ো কৈ।

মন্ত্রগা

ঈশিং এল্লাং শুরগা থোম্বস্থ কৈ।

———

উসরাই (মখুৎ মশা নিকপা) অথাবা তরেৎকী মরা তকতুনা তৈয়্ মন্ত্রদি—য়্যিং-তিং-ঙা রি রি রি শোল্লু।

———

লমকাপকী—হৈরবোগ মশিনগী মহিনে, থুমনে, খরিনে অসি তিন্নহুনা তৈরগা কৈ নাই চাদে।

———

অপাৎপগী—লফুলমাং মহিদা হৈবিমক্ক শুগাইহুনা হাপও মৈদা মুন্না লোন্দুনা নংনা লৌরগা অপাৎপদা তৈয়্ কৈ।

য়ানাবগী—হিদাক মনা অয়াকপনে উরিকশিবি মনানে

কাহন্দুনা কুপনা লৌরগা চুহি অকবগা তোৎতুনা থোম্বা য়া নাবদা থুনা কৈ।

— -- —

কৌক্রুনা কারিঙৈ য়েন কাশি শজিকনা কারিঙৈ য়েনকাশি লিক্লাতা লিক্লাতিক তেকথৎলসি ঙসি কৌবা শুকগী য়াথংনি।

চাক খজিক খজিক্কং মতুম তারগা মতুম চহুম অহুমদা অমুক অমুক শোল্লগা য়োৎলু যেন ধাতুনচিংবা কৈ। নত্রগা "লিঙ্গ নংগী নমিংদি কোহ্লিংনম কৌই রাংলেন পুংমাই নমকরোই তরেৎ শেম্বাং পাইকরোই রাংলেন পুংমাই তিং-তিং-তিং তিংখৎজো শুরু অহুমগী য়াথংনি।

চাক চাবা তোকপা খুৎ হামলগা খুৎতোল মঙাদা শোল্লগা চুপসন্দুনা তিন য়োৎসল্ল কাম কৈ।

থাপ-থাপ থাপী লৈয়োনমু থাপ থাপ থাপী লমম্নুংম্নুং।

মন্ত্রসিদি চানিংবা য়ামনা পোকতুনা থাংবা রারবদি চাবা য়াবা পোৎতা শোন্দুনা চাও কৈ।

## মিহুন

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | খুজেংগী মিহুননা | হঙ্গৎ-হন্দা | | চোংবা। |
| ২। | " | " | কৈনা | " । |
| ৩। | " | " | খুৎতোনলোমদা | " । |
| ৪। | " | " | কোইনা | " । |
| ৫। | " | " | শোলৈননা | " । |

৬। খুজেংগী মিহুননা ৩ লক ফোংফা লেপ্পা চোংবা।
৭। থবাক ময়াইদা কৈনা হুনবা থোমথা মিহুনগা মাপ্পা।
৮। লাইবক ময়াইদা মিহুন কাওবা।
৯। খুবাক ময়াইদা মিহুন কাওরকপা ( থৈদোক থৈজিনতোবা )
১০। য়েংকী খুদোনবী তাং ৩ মক মিহুন কাওরকপা।
১১। ওই থংবা খোইদো মপাগী থর মথাদা চেকয়াদা মিহুন কাওরকপা।
১২। য়েংকী খুবী ময়াইদা মিহুন কাওরকপা।
১৩। য়েংকী খুৎয়াইগী চক্রদা মিহুন কাওরকপা।
১৪। য়েং থংবা খোইদৌ মপাগী চেকয়াদা মিহুন কাওবা।
১৫। পিগুম অনিগী মরক্তা মিহুন কাওবা।
১৬। খুদোনবী মথোকরাই খুবাকলোমগীদা মিহুন কাওবা।
১৭। খুনিংথৌগী তাং মকোক তাং ময়াইদা মিহুন কাওবা।
১৮। খুৎনিংথৌগী খুনম তাং মকোক্তা মিহুন কাওবা।
১৯। খুৎয়াইগী মতোন্দা মিহুন কাওবা।
২০। খুজেংগী মিহুননা খুবিরোম কাপ্পা।
২১। খুজেংগী মিহুননা খুবিরোম কাপ্পা।
২২। নারুম অকুৎপদা মিহুম লৈবা।

মথক্তা হায়খিবা অাগাশিং অসিদা মিহুন লৈরবদি মীচৈগী লাই-গুরু ওঝাশিংগী মোত্তা তিনয়েং লাইয়েংনবা কৈ হায়রনা থংনৈ। মরমসিনা অয়েংপগী তাব তানা শেংদোকদবনি।

খুবাক ময়াইগী মকম কয়ামরুমগী ১ সুং খুনমগী মকম কয়ামরুমগী ১দি খু'চপনচিংবা মকম কয়ামরুমগীদি ইজজে অহুগা

[illegible] [illegible]ইনা ঐনা খংব্বা খরদং ইখোকচগদবনু মীতৈগী [illegible]-[illegible] [illegible]শিংবু কিদবনা ইরে। অদুগা লৈরবদি ব্বা [illegible]। হকচাং শেংবা য়াদে।

## ঈশিং ইতোন লাইয়োকপগী।

শরারেন্না মচা ৭ পোকএ লাইরেন্ম হেলোই ৭ না মরুভূমিদা লৈ হেকতুনা মুমিৎ খুদিংগী মপা শরারেন্দা কৎলি, নোংমদি লৈ হেন্নগা মোংয়াম্বা নিংথৌগী পুখ্রিদা ইফু নাহুনা শান্নরকই, পন্থৌ মপা শরারেন্দা লৈ কৎলি, মোংয়াংম্বা নিংথৌনা ঈশিং নৈথাইবা অহু উবদা শাওয়ে, কনানো ঈশিং নৈথাইবা কাগে হায়দুনা কুম্মে তাকতরে, নোংমদি হেলোই ৭ না শান্নরিডৈদা উরে, কনানো ঐগী ঈশিং নৈথাইবগা কাগে হায়দুনা লাক্লে মাংখরে নোংমদি হেলোই ৭ না শান্নরিডৈদা উরে, কনানো ঐগী ইশিং নৈথাইবা কাবা তারে অসি হায়রগা মফি অহু খোমদুনা পুখি, ফুজা লাইরুদা থমলে, হেলোই ৭ না হায় হে ইবুংঙো তৌবিগনু কি চরৈ পিবিয়ু হায়রবদা হায়রকই অদুদি ঐনা হায়বা য়ারবদি পিগে, য়াজরে হায়না খুমখি, লাইরেম্মা তোম্বী কি শাখিন্নু হায়রবদা লাইরেন্মা তোম্বীনু পিন্নু পিগে হায়ধনা [illegible]-দনা কিগা লাইরেম্মগা শিন্নরে, মফি লোইনা লাইরেম্মা ৬ না লৌরে, লাইরেম্মা ৬ না ভাবনা লাকউ ভাইরমগে হায়না চৎখরে [illegible]বদা চাওনা মপা শরারেন্মা লৈ কৎলগা হৎলি, মোংয়াম্বা [illegible]থৌনা ঈমাও তোম্বী কাহৌরে, বাহু ভাবদা শরারেন্না হন্নাওরে শচৌবা লাইনি ঐনা নিংবা থংলে হয়েং ঐ চৎকে হায়দুনা

লৈবে নোংস্তাল্লগা শন্নারেল লাকতুনা মোংয়াং নংনা ঐখোইগী নিংথৌ ওইগু লাইরেম্বী নংনা ইন্নাই লৈমা ওইয়ু তাইবংমীদা নচিঙ্গাক তানহুনা চারে৷ অসি পিবদা তাইবংমীদা তেকসল্লবদি শন্নারেন ঐবু হাৎপা পাপ পু।

পোৎলম ঃ— ম্নেন মকম ১ হৈরম ৭ লৈরম ৭ কবোকনাচন ৭ উতং পম্বা ৭ লাতোন ৩ লাংথৈ্‌ ৩ দক্ষিনা অসিনা খন্নোম লাকনি। শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোন সিংহ

— — — —

## শাচাক লানচাক থাকপা

চফূ ঙাক্নদা থোংগনি—ইঙ্গাং মথল ১২।

ঙা অতেকপা থোংবা, ঙা অকংবা থোংবা, হন্নাই থোংবা, অঁথুম্বা থোংবা, অখাবা থোংবা, অফকপা থোংবা, অশিনবা থোংবা, অচম্বা থোংবা, অমাকপা থোংবা, অশাবা থোংবা, মনামশিং থোংবা, শিংজু। তোঙাল তোঙালনা চফূ ১২দা থোংহনা হাপকনি। ফিন্নান অঙৌবা লেপ অমা ন্নাংবা ১ অচৌবা খোইদ্ধ থাংমৈ অমা, হৈব্ধক তাঙ্গা অমা, পানা তাঙ্গা অমা, দক্ষিণা অমা। মাঙ্গোন্দা খুন্নমলগা কৈথেলদা নব্রগা লমলোং অহুম কাংবদা নব্রগা মোংফমদা অহুম অসিগী মনুং অমদা খুদোংচাবা ন্নেংহনা থাগনি।

"ন্নাহৈদি ঃ— ( মিং মাগী ) মপা মপুনা শাফা লানফা মীহাৎ মীপুন থাংনা যানবা ককপা শিঙ্গম নাঙমদনা শিখিবা নখোই পুম্বগী শাগৈ নাতৈদা ওৎলিবা অসিগী কোক্নবা চালুক অসিগা ইঙ্গাং মথেল ১২ গা কিন্নাল থাওমৈ তৈব্ধক পানা ন্নাওনা

নখোইগী চিঙ্গাক শাচাক লানচাক পিরবসিনি হল্লো”।

মখা মাইকৈ ওন্না চাক খোংগনি, মখাওন্না খৌ তৌ, মখা ওন্না থাদোক্কনি।

মসিদি :—শাগৈগী ওইনা অমমম তন্তনা ভাওরবা অহল লমন হাক্তক্তা অচৌ অশাং ওইরম্বদগী দোষ কন্না লৈদুনা মচা মত্ত হাক্তক্তা অঙাও অকৈ অন্না অনা খোক্লরবদা শাচাক লানচাক থাকপা অসি তৌরগা কোকই।

শ্রীনিমাইচান্দ সিংহ
জ্যোতিভূষণ

---

## অশিবা থাংপোক থলনবা

থাংপোক থল্লবগী যাত্রা ওইগদৌরিবা রাহু পাইরগা মৈরম লোমদা হন্না লেপলগা “মৈরমনা মৈ থারে” হায়গনি, অহুদগী মোইরাং লাইজিরোমদা লাকলগা রাহু পাইদুনা লেপ্লগা “থাংজিংনা থাং য়াল্লে” হায়গনি, অদুদগী অমুক কৌক্রু লাইজিদা লাক্লগা রাহু পাইদুনা “কৌক্রুনা কৌখোকলে” হায়গনি, অদুদগী অমুক রাহু পাইদুনা লাকলগা চিংখৈরোমদা “চিংখৈ নায়েখৈ খুহং অশিবা পন থিংলবনি” অসি হায়দুনা শং যাত্রা হুন্দুনা শং থল্লবদি মতুংদা শিবা হৌনদে শিরিবা ইমুং অদুদা নত্তনা লৈকাই কাওবা কৈ অদুগা পুকচৎ ইফাই ওইরবসু কৈ শিরিবদুনা ভাকই অমস্থং শিরিবা অদুগী দোষদগী ওইরকদবা কত্তবা পুম্নমু কোকই।

বাবু সিংহ
কোংপান।

# খোইশাবগী

খোই নংদি গুরুগী খোইদগী পোকই নমিংদি খোই রে নংদি পাখং লাকপনি গুড অসিনা। তুমত্রিকাও য়েক্রম অকি অতোন চোংগি কাওবা গুরুগী মকমদা। তদিমু কৃষ্ণগী সেবা বু তৌজকখিগে হায়রক্না তদিমু খোইদোই লিংতোল সোই নকুপা হায়নখিবা রা হৈরুক তাল পানা তান্না চরণামৃত কা অথুম অহাও হরিনামনা সেবা তৌরে।

মসিদি খোই শাবা অদুগী মরাদা রাই তৈথোকলগা টৈ তাল ১ পানা তাল ১ চরণামৃত খরা, কবোক অথুম ত দুড অমা, য়েক্রম অমা, তোঙাল তোঙালনা ফুমগনি অতৈ অমনা খারমগনি অদু ওইরবদি খোই শাবগী কত্তবা তোকলে।

শ্রীইবুঙোচৌ।

লোই

